State Kala Academi-গী তেংবাংনা কোংজবা।

# "পুসিগী চৈথৈ অমা"

অইবা—

রোমেস কুমার সোগাইজাম্বা

মোইরাংখোম।

কোংজবী :— সোগাইজম চনু লৈঙাকলেম্বী।

[ক খুদিংমক অইবগী ] মমল—লূপা ৫'৫

'Cineprint' Imphal

# পাবীরিবশিংগী মকমদা

চৎখিবা কয়া লাক্লিবা কয়া মীরোল কয়াগী লোমনাইত্রবা পুন্সি মরকসিদা ঐগী পুন্সিগী তাহক অসিনা চৈথৈ অমা ওইনা কাওজনখিনা কাওখিগদবা মীরমসিদা পামজনা চিংজরম্লবা শৈরেং লাইরিকনি—"পুন্সিগী চৈথৈ অমা"। মীতৈ অশৈবশিংগী শৈরোল শৈথারোল কয়ানা মাংজিন থানা লমজিংবীরম্বমা হৈত্ত-হৈত অশোনবা খোংথাংনা তুংইনজরুবনি। রাখল থেনবা ইহৌশা ওইবনা মাইকৈ খুদিংদা ঐগীদি অবাৎপা কয়ানি। ডাকপিগদবনি খুদিংমক্লা ইচা-ইনাওনি থম্লা।

অচুৈঙ হায়নখি—

· ·· · ম্নেনপাক তুপতুনা মরাকে।

· চৈশু তুচুনা মরাকে।

হৈত্রবস্থ-হৈতনা থংত্রবস্থ-থংদনা মপা-মপু ওইবগী মতুং ইচা মশু ওইবনা ইনজমিংবা মহৌশানি থৈজে।

নিংশিংজরীবা—

অইবা

## 'লোইবা নাইদ্রবা পুন্সিগী চৈখে অমা'

-:*:-

### "লম্ফাংনরবা লম্বী চংপা"

লম্ফাংনরবা লম্বী চংপা
ঐগী পুন্সি খোঙচংকী
তীর্থ যাত্রা যাওবো 'লাও ,
নুঙাইরকী খোং-লম্বী'থক্তা
নাইতোম চংপশে তুংইল্লো ॥
অশিং-অরান থাগী
ইফুল হৌরবা ঋতু ওইবনা
লম্বী থীফম খংদরে ,
কাংবু হৌদুনা লাকপা খোংচংনি
খোংলোই পুম্বা কাইনহৌরে
ব্রাহ্মন-বৈষ্ণব হবিজন খিংক
মাংওইন্না থুংখরে লাকলো ॥
অসুম থোকউ তমখিবনা
তুংওইনহৌরবা যাত্রিক নংগী
খোঙ্কেন ঐনা তাকুরে
ঐগুম্না লাইবক থীরবা লম্বী চংপনি
মদোম লাকপা খোংচংনি
অরা-অনা লাইরবা পুম্বা
তুংওইনরম্লগা লাক্লো যাত্রিক ॥
লম্ফাংনরবা লম্বী চংপা ॥

## "নোক্কনু নংবু লোনথোক্কবী"

নোক্কনু নংবু লোনথোক্কবী
চিক্লবা ঐগী লাইয়েকশংদা
তুমিন লেংদ লেপতুনা ;
খংই নংদি চিত্রনি
ঙমলোই ঐবু শুমহৎপা ॥
মচুনা তিল্লবা সংসারসিদা
মচুগী তুরি পাইদুনা
চীংয়া তমযা ফজবা.
নৈচিন নোংফাই নিংথীবা
যেকলিবা চিত্রকারগী থমোইবু
নংগী লেংত্রবা মিমোক্লা
রাখল লমাফ চৎহল্লী ॥
থোঙনাও লাল্লা য়েংখিবদা
অহিংগী থাবলনা নোকলিবা
থরাল্লা মিৎয়েং তোইরিবা
অঙোবা চেনা 'থকতুদা
মোল্লবা তুরিনা য়েকলিবা
নংগী মিৎচি মিৎমৈনা
ঐবু তত্তনা ঙাওহল্লী ॥
নোক্কনু নংবু লোনথোক্কবী
চিক্লবা ঐগী লাইয়েকশংদা
তুমিন লেংদ লেপতুনা ,
খংই নংদি চিত্রনি
ঙমলোই ঐবু শুমহৎপা ॥

---

## "খুৎতা লৈরাং য়েন্দাই পাইদুনা"

খুত্তা লৈরাং য়েন্দাই পাইদুনা
নংনা ফীশেং শেৎতুনা
গোবিন্দ দর্শন লাকলিঙৈ
নিবীবকউ লৈপুন বরস্থ
নংগী ঐগী পুন্সিগী ॥

লৈখন শুনা য়াওরীবা
য়েন্দাইনুংদা কুন্দো উই
চরণ 'খাদা কৎলম্মু
লৈপুন নিজার তমলম্মু ॥

নোংজু ইবিক চোৎতনবা
ইন্নফীনা শগ্রা কুপলকপা
গোবিন্দগী থোগল ফংতুনা
য়ুমগী মৌ ওইবে তম্লম্মু ॥

গোবিন্দগী শরিক খোঞ্জেন
য়াইফ পাওনি লৈপুনগী
লাইবক্তা নম্লকপা সিন্দুরনা
মঙ্গল ওইরে তাকপনি ॥

---

## “পোক্লার তাইবংদা অৱাবা খংনবা”

পোক্লরে তাইবংদা অৱাবা খংনবা
হিংলরে ঐস্থ মরুপ খংনবা
ফংলে ঙসিদি অশেংবা মরুপ
লিক্লীগী ইরু, চিনৰানগী খোইহি ॥

মুঙাইবা কৈদনো, অৱাবা কৈদনো,
হিংলি ঐ, তিল্লী মীরক্তা,
অসিমঙাই পুন্সি পোক্লবগী মহৈ,
নুংশিবা লৈতে কল্লকপা পোকতে
লুপচবা নেশাদা, ওইবী অপেনবা,
থকখিগে পুন্সিনা মমি শামত্রিমখৈ ॥

কৈদৌনি ঐনা, কনাগী কবিগী,
অহেনবা ঙাকনি, খংলবা ঙাকনি,
লেনখোক্কে পুন্সিসে লিক্লীদা লুপতুনা,
মীওইবা ঙাকনি ওইজবা তানবা
নংতদি ওইহৌগে, অহেনবা ঐগী
নঙোন্দা লুপতুনা হিংজগে পুন্সিসে ॥



## "লাক্লবদি চংলমখো"

লাক্লবদি চংলমখো,
করম পাল্লী হংলমখো,
নংগীদমক রাজরবীনি
খুনিংড্রবস্থু থুম্নমখো
হিংনবা লেল্লী হাইবমখো ॥

পুন্সিগী হৌখিবা শরুক্তা
সমাজগী মীনোক কিদনা
নুংশিরুই ঐনা নংত্তবু,
থঞ্জরুই হিংলিমখৈ থাদোকলোই,
অসিবু ইরাল ওইরবদি
লংজথ্রবনি রাবৌরন্নু
করম পাল্লী হংলমখো ॥

নৈনানা যোম্নবা নৈরাংনা
নৈখোক্তা যুগাইনা শাংলকই
নংনা ঐবু লাপথোকহনখি,
মতমনা বীদাই পীবকখি,
নিংজবা কাইরবা পুন্সিসিনা
লংজথ্রবনি রাবৌরন্নু
করম পাল্লী হংলমখো ॥

———

## "উরু উরু লৈয়ু"

উরু উরু লৈয়ু
মতমগী নুংশিৎ মপী
অরিবা , অনৌবা ; অহোংবা
খোংচৎ যেংগে নংগী ॥

সম্রাট কযাগী ইতিহাস
বেগম কযাগী রাবী
তাজ রারবা মহল
হাইযু হৌজিক করি উরি
নিংথা তম্বগী গনতন্ত্র
সিনি হাইগেরা অনৌবা ॥

ওকলে লোইনা পেন্নে
মাইকৈ মরিগী খোল্লাও
চানবা , শেৎনবা , হিংনবা ,
হাইযু হৌজিক হোংলিবসিরা
শেঙ্গাও পাইবগী মুংঙাইবা
লাইরবগী ফুড প্রোব্লেম
ওকলে ! ওকলে !! ওকলে !!!

---

## "যুগ যুগ হোংলক্লে"

যুগ যুগ হোংলক্লে
কলি লাক্লে তাযোম্মা যুগ
ঐ— নং— মা,
ঐখোই নখোই মখোই,
যুগসিগী নৌববা মীনি ॥

লাইব অনং তরাবা,
অসি অনা মীকপখোল
তশুক তশুক্কী মথক্তা
তবাও বুমহৈ মীনোক,
ইরাংগী ইজং ভাক্লশেল
কলিনিনে কলি যুগ ॥

মবি মতা খংদে,
মমা মচা লৈতে,
ঐগী ঐগীনা পুবনি
চানবদি লৈতে কমদৌনি,
হিংদবস্ত্র য়াদে লুৰীবা,
অসিনিনে নৌববা যুগ ॥

ঐগীনা নংগীনা মাগীনা
কদাই কদাই শরুক,
যারোই য়ারোই থুংদবা,
মরুপ সঙ্গ চংকনি,
ধর্ম্ম কর্ম্ম লৈবি
চংনবীনা লুরবনি যুগ ॥

———

## "লৈ অমা শাংলি"

লৈ অমা শাংলি
খোইমু ইল্লী ,
থাজ মোমোন নোকই
নোংইন্না পাইবী ॥
শমজিরৈনা ইকাই থাংই
শন্নাংনা মাইথোং খুমই
অহিং অসে নিংথি
মহাক চংখিনি ব্রাজৈ ॥
নোংইন্না মথোই কাই
লৈননা ইচোয চোই
কযাম কুইনা শাংখিনি
অহিংদি তেল্লী নোংমগী ॥
শাথেক্কা লুপলবা খোইমুনি
ইথক্কা যৈরবা থম্বালনি
কাওবমই অযুক লাক্কনি
অহিংদি তেল্লী নোংমগী ॥
লৈ অমা শাংলি
খোইমু ইল্লী ,
থাজ মোমোন নোকই
নোংইন্না পাইবী ॥

---

## "নুঙাই য়াইফ হয়াও কুমহৈ"

নুঙাই যাইফ হয়াও কুমহৈ
ইবাংগী যুগ, অনৌবা মীরক্তা
থুংলবে ঙসি মল্লবা শংদা
অরেম্বা পুন্সি কাম্লদ্রবা হকচাং ॥
মীনম য়াহৈ, চিংবোন যাৱা
অঙকপা তাইবং অমা ওইরম্রে
য়াচং য়ানোম, হাইক্ত চংচ
অসি ঙাক্তা ঙাইরে মীওইবা
হিংগদবা লুরে, শিগদবা মপোক ॥
লিক্লানি কাওনরে থম্মা থক্কী
মালং ইখিন্দা মাংনি থংনদ্রে
হয়াও কুমহৈ, ইরাংদা লুপ্লগা
হিংগনি থম্লবে তাংলবা মপোক
নোকসিরা কপসিরা, খংদবে পুন্সি ॥

———————

## 'লিরি লিরি শিংলি নুংশিং"

লিরি লিরি শিংলি নুংশিং
ঝম ঝম চুবি নোং
মাইকৈ মরি পুমনিন নিল্লী
উ-উ উ-উ উ-উ উ-উ
ৰা ৰা ৰা ৰা ॥
মশক উদ ইরাং কনবী
শাবী শানৌ নাপ চিবোনবী
নংগী ইবাং লৈকোন পাওজেন
লৈনম যাওদ কেতকি রাকং
পেল্লে ওকলে লোইন ঐ
ঐনে ঐবুনে ঐহাক ঐহাকনে ।
কবি নোং মীনম রাবীবরি
নুংশি নুঙোন মীনম জগৎনি
মহাক্কী নুংশি যারা পাওখোল
ঐগী থমোই থোঙদা চিৰোল্লবা
ওসিদি ত্তাবগা নোক্কে খল্লে
ঐনে ঐবুনে ঐহাক ঐহাকপুনে ॥

———

## "তিংখং যুগনু, লৈনা লোংকনু"

তিংখং যুগনু, লৈনা লোংকনু
লৈরাং হেকপী লাকলি উসি ॥
বোঙ্গী পাম্বোমনি তনৌবী ...নি
তিংখং যুগনি' যুগনি।
নুন্দো হেকলি পামজনা থীবি
লৈনা লোংকনু, লোংকনু।
হবখিসনু লৈ যেন্দাই থন্না॥
উসিনা লাইবে নিউোল ...হেৎ
অনুব নাক্রবোই, লাক্ররেই'
...হৌ শনাবৈ মেবা থানি
লৈথোক্লা পুম্নম, পুম্নম'
নিঙোল লৈ যেন্দাইদা যাওহে।

---

## "বেখাগী মকত্রবা মচুনা"

বেখাগী মকত্রবা মচুনা
যেক্লি নংগী চিত্র .
চিত্রকার, চিত্রকার, চিত্রকার
কৌবন্থা নংগী শকতম্ব
যেকলি মিংশিং তুলিনা ॥
নোংমা অহিংগী দশ্নদা

থাজগী মেংলবা মঙান্দা
পীরাংনা পীরোইনা কপতুনা
নিংবা কাইখ্ত্রবা শক্তমদো
যেকলি নিংশিং তুলিনা
মালং ইপোম মরক্তা
কৌরম্বা খোম্বাংগী চিত্রকার
থাববা লমশাংলকশিদা
নিংশিংলক্লে নংগী মিংগৌ
চিত্র যেকপা চিত্রকার ॥

---

## "হো লৈরাং য়োনবী"

হো লৈরাং যোনবী
লৈরাং কৈথেল খমহৌরবরা
নংগী 'সিদা ক্লাওরবদি
পোমলিবা অমংতা লৈহৌগে
অশাংপদি লৈমন চল্লনি ॥
অহিং অমা অহাংবদা কোইকই
জগোই শাবী মেনকাগা
লাইয়াম মমাং জগোই কৎলুই
ফজৈ শোলহৌবা নহা অমদা

ইছুং ওইনা খুদোল্লুগে
অশাংপদি লৈমন চল্লনি ॥
নোংমা অমা লিকোন শান্নি
ইত্না দস্তুগী শমজিরৈদি
খোইমু খোইনিং শৈশকহৌই
লৈরাং নিনিংবা নহা অমদা
ইছুং ওইনা খুদোল্লুগে
অশাংপদি লৈমন চল্লনি ॥

---

## "প্রকৃতি খুংশেমগী"

প্রকৃতি খুংশেমগী
চীংগী লৈকোন্দা
শাংচবীনি চীংয়া তাবী
ঐগী ইকায় থিবীদো ॥
সমাজ মিনোক মীশালক্তা
ধর্ম্মগী হারনা যোমহুনা
শরেপ পান্দোং ফাজরকপা
ফজবদা মীহৌবা ইহৌশাঙুম
হুংশিরুবনি লোংনা ঐনা ॥
চংনবী শম্বন চেংপনা
ইথুংনা থাজবা লৈরাংবু

ফুগাইনা শাৎলিঙৈ লৈখোক্তগী
হেকলুবা ইরাল ওইখিবনা
ইনথোকলি সমাজনা ঐবু ॥

---

## "পুন্সীগী কলম্না থমোইগী চেনাদা"

পুন্সিগী কলম্না, থমোইগী চেনাদা
ইখি নুংশিগী রারোল কযা
রাখলগী তুলিনা, আশাগী ফীজংদা
য়েকখি পুক্নিংগী নিংশিং মূর্ত্তি ॥
বিধিনা তম্নমবা লাইবক্কী দমক
ইখি শৈরেং কবিতা শৈরোন্দা
থমোই হুখ্রুবী প্রেমীগী পীরাংনা
লোম্না হুকখি বরগী মালা ॥
মন্নবা অহিংগী থাবল মডান্দা
কাইনা মৈশা খাংনা নিঙোম্না
লেপখিবা থমোই শোক্লবা শকলোনবু
যেকখি নিঙশিং নিক্লবা খুৎনা ॥
পুন্সিগী কলম্না থমোইগী চেনাদা
ইখি নুংশিগী রারোল কযা ;
রাখলগী তুলিনা আশাগী ফীজংদা
যেকখি পুক্নিগী নিংশিং মূর্ত্তি ॥

## "নুংশিবা ঐগী নুংশিবা"

নুংশিবা ঐগী নুংশিবা
থমোইনা কবি হায়রিবা
পুমিং শিংবুম কয়াশে
ভসি 'সিগুম নিংথীদে
হো নুংশিবা ॥
অহিংগী থাবল চিবোলনা
থরান পুম্বা নোক্লে
নংগী ঐগী শকতমনা
বসন্ত নৌনা লাবলে
হো নুংশিবা ॥
ইশিংগী নিংথী' সুবনা
বীনাগী তারবু শেমলে
লেপ্তুবা পুন্সিগী রারীনা
অনৌবা শৈরোল ওইবে।

---

## "শিংলো শিংলো অইংবা নুংশিং"

শিংলো শিংলো অইংবা নুংশিং
থমোই ঐবু ইংহল্লো
বাঁশীগী মিরবা সুরবু
তামনা তামনা তাহল্লো ॥

লাইজ ব্রাৎপা লৈফমদা
লৈরাং ফৈদোম থাবস্বনি
নুংশিং নংনা পোরকপা
নোংজু ফুইনা চুইন্দুন
লৈরাং লৈযোন তেকখৎহল্লো ॥

শপ্পাবুংদা শন খেলাহৌবা
শঞ্জেন নহা অঙাওবগী
নুংশি স্বরদা খুৎখৎলিবা
তৌদ্রি বাঁশী ইশৈদো
তামনা তামনা হাইল্লো ॥

---

## "মতম নং লাক্রবরা"

মতম নং লাব্রবরা
লমচৎ নাইদবী মতম
ঐদি নংবু ভাইখিদে
লাকউ হাইস্ত্র হাইখিদে ॥
ঐগী পুন্সি ইচেন্না
লোক্তাক ইয়াই তমখ্রগা
কোঙ্গোল মাগুম তাকখ্রগা
মতম নং লাকউ
হন্না হন্না হাযখ্রবদা
নং 'সিদা লাকলি ॥

চৎলোনে নংবু ইকায় থংদবা
নং ঐ মরুপ নংতে
থবাই হকচাংসু নত্তে
নংতগী জগৎতা লুপনিংদবনা
নাইতোম পুন্সি লেপ্পবনি
ঐবু অমুক রাহল্লনু ॥

---

## 'নুমিৎ খুদিং য়ুমথোং য়ৈনা''

নুমিৎ খুদিং য়ুমথোং য়ৈনা
অবা নুভাই নুংশি নুডোন
রাফম কযাগী চিঠি পুবিবা
ঐগী মিংদি পোষ্টমেন ! পোষ্টমেন ॥

য়ুমবুবিবী নহা অহল কযা ,
নিডোল ওইবী নৌজরিবী কযা ,
ইংখোন খোঙ্গান্দা লেপতুনা ভাইবমই
ঐবু উবদা হরাওনা নোকচৈ ,
তবাবা চিম্বাল্লা তানবা কৌরকই
ঐগী মিংবু পোষ্টমেন ! পোষ্টমেন ॥

ঐগী চিঠিনা মরোল লোল্লুই ,
য়ুমগী মৌ কনাগী মফমদা ,
"ঐগী থবাইগী চান্ন খোইরবী !

লৈশা পাখং কয়া অমদনা
অস্থুম্না　　।
"নহাক্কী শকখংদবা কনাগুম্বা অম।"
হয়াও মুডাইগী চিঠি ওইরবদি
ঐগীস্থু থুংবী শিকি মথাই
নংগী বঁশীসনি পোষ্টমেন। পোষ্টমেন।।

———————

## 'লৈরাং লৈরাং শাৎকাইরে''

লৈরাং লৈরাং শাৎকাইরে
লৈকোন লৈকোন্দা ;
করি কবি লৈরাংনো হাইয়ু
করি করিগী শাৎলি॥

মুংশি মুংশি হাইবা রাইহনা
ঐবু লোননই ,
পুলপ পুলপ তাবা শমলাংনা
মিৎয়েংবু শুমহৎলি ,
কনা কনাগী শকতমনো হাইযু
করি করিগী শুমহৎলি ॥

লোম্না লোম্না থমোই হুখি
নংনা ঐগী ,

ঐগী থমোই রাণী ওইরি
নংগী চিঠিনা ,
কবি করম নুংশি হাইনি
করি করি রাহৈনা ॥

———

### "বসন্ত লৈরাং শাংলে"

বসন্ত লৈরাং শাংলে
রাধীকা থমোই ইরাং হোংরে
নিংশিংলক্লে ব্রজগী কঙ্গায
তারক্লে বাঁশীগী ইশৈ ॥
যমুনা তোর্ব্বান লৈঙোইদা
শ্যাম বাধা ঙাল্লরে
বাঁশী ইশৈ তাম্বাদা
যমুনা ইথক ইরৈনা
লৈনা জগোই শারে ॥
ইচেল লেপত্রবী যমুনাদা
লাইজ খুজোক খুজোক শোক
চাইনরি ইরৈ ইচেল্লক্কা
থমোই থমোই তিম্নরা
শান্নরি পুন্সি লিলা ॥

## "চৎনবী ফীজেং পুম্বা শেংকে"

চংনবী ফীজেং পুম্বা শেংকে
পামজবা অমতং মতুং ইলহৌগে
ঐনা নংবু মুংশি হাইগে॥

মীরা ভাংন মবুক থল্লা
সমাজ মীবেম মীযাম মরক্ত
ভীল্লুবসে রাই, যাওদবস্ত যাদে,
পাখ্রা শীদা চল্লী হাইদনবা
রারোগনবী অমা নুংশিদদি শেংলহৌগে॥

চন্না লেল্লে তুমিন অভাওবা
অচুম্বা ভাংলে থাইনগী মী
টিন এজ হৈনবা যাদ্রে
নাম্মা হাংডে হেক্তা হাইনবে
শংবাই ফোওন যাদ্রে ভাংনবে॥

চংনবী ফীজেং পুম্বা শেংকে
পামজবা অমতং মতুং ইলহৌগে
ঐনা নংবু মুংশি হাইগে॥

---

## "চীংলোম্না চেৎনা খারীবা"

চীংলোম্না চেৎনা খারীবা
সনা লৈবাক লৈকোন
চীংমী তম্মী লৈথন
যেংলো লাও শকখ্‌দবা
মীরমলেনগী লম কোযবা ॥
পাৎযা তাবী ইচলশিংগী
ইনশোন ইশৈ তারো
থাঙ্গ ইচিন ইনাওশিংনা
হৈকক যেল্লী হেকলিবা
যেংলো লাও শকখ্‌দবা
মীরমলেনগী লম কোযবা ॥
চীংমাই থম্না হৌখিবা
শীরোই থরো হেকখো
নিংথম লবুক চাকতারবা
ঙাম্নু থঙ্গোঙ কুমহৈ
যেংলো লাও শকখ্‌দবা
মীরমলেনগী লম কোযবা ॥

———————

## "কয়াদা ফজনা উরীবা"

কযাদা ফজনা উরীবা
অহিংগী পোদোন পরেং
ইমা পোংযোনবীশিংনা
লুকমাই কোকথোঙনরীবা ॥

অরা অনা কাওত্রুনা
থাওগংলবা পোদোন 'নাক্তা
লৈজবা খবদং যোল্লীবা
নখোইস্ত্র মৈতৈ নুপীনিকো ॥

ইমাগী নাক্তা লাও
য়াওবীবা শিদা লৈখো
থমোই শেংনা য়োল্লীবা
নখোইস্ত্র মৈতৈ নুপীনিকো ॥

নোংজু নুংশা খাক্তনা
যুমথোং খুদিং হারীবা
লাইরবী ইমাওইবীশিং
নখোইস্ত্র মৈতৈ নুপীনিকো ॥

———

### "নিংশিংলকইদা হৌখ্রবা পুন্সি"

নিংশিংলকইদা হৌখ্রবা পুন্সি,
কযাদা মুডাইবা নহা ওইবীগে
খল্লুবগা উবি মিংমাংদা
অত্থৈগী খোদোক কযা ॥

পুখি মপান শিঙ্গাবৈ মখোং
ত্হিং কযা মানা ঐবু ডাইখিবা
লাক্লরোইদো মতমদো অমুক
তারবোই মাগী মুংশি রাইহ ॥

চৈবাদ্রে অমুক ঐবু মীওংপা
লকন শুগং মিনোক নোকখিদ্রে
মংমদো ডসি কযাদা মুংশিবা
নিংশিংলুবদা ঐনা নিডমদনা কপলি ॥

পুনিমা কযাগী ইংল' থাজ
নিডমদনা হল্লক্লে শরৎকী অহিংশিদা
চান্নবী নংবু অমুক লাক্লবদি
তারখোবা নিডমদ্রবা বারীসে অমুক্তুং ॥

---

## "তাররোই খন্না খন্না"

তাররোই খন্না খন্না তারুবী,
য়েংলবোই খন্না খন্না য়েংলুবী,
আগ্রাগী তোর্ব্বানদা তেংথারী "মমাঙ্‌" ॥

পাপ চেন্নবা কযাগী খোংনেং
রানা খাংলি লোম্থোক্তুবী তাজ
পাওমেল্লী লেপ্তুনা গঙ্গাগী ইচেলদা
কযাম কুইনা ওইখিগদগে ঐবু
যাত্রিক কযাগী মিংযেংগী ফজবী ॥

ভাবত লক্ষ্মীগী মীংযেং মথৌনানা
হৌজিকসু ডাক্রি মোংফমগী তাজ
পাওমেল্লী চীংনৈলবাক মচা ঐখাইগী
নিংথিবা লমগী শাসনগী পথাপ
বৈদৌইদস্তু লোইদে জাতিগী নিংচং ॥

---

## 'কাইন ইশৈদা শকনিংই'

কাযন ইশৈদা শকনিংই
অরা রাবীদা তানিংই
রাবা হৈরবা থমোই
নংবু অস্তুম লেল্লগদ্রা ॥

নোংমা নোংমা হৌখিত্নুা
কুমশিং থাশিং যাম্নক্লে
ৱারৌগনবী পুকচেন হোংবী
কাওরো মহাকপু কাওরো
ৱাবা হৈরবা থমোই
নিংশিং অসুম লেল্লু ॥
লোম্না লোম্না কপতুনা
পিরাং পিথমদা লেল্লক্লে
নুংশুম্বী, থমোই পান্দ্রবী
ৱাখল্দবী মাবু কাওরোনে
ৱাবা হৈরবা থমোই
নংবু কাওবা লৈত্রবোই ॥

---

## ''হৌখ্রবা পুন্সিগী হৌখ্রবা মতমদা'

হৌখ্রবা পুন্সিগী হৌখ্রবা মতমদা
জাতিগী থৱদং য়াইফনবা তৌরবা
কৈশুমশংদা লেনখি অৱাবা নংখি ॥

সমাজ সংসারদা কংলবা হকচাংসে
ইস্লোকলি চংনবীনা তোল্লবনি হাইনা
ফাদোকী অৱাবা খাংলূরবা পুন্সিসে
নোক্রবি কনানা অরেম্বদা ৱাক্করে ॥

ইশৈগী স্নুরদা লুপতুনা লেনথোক্কে
ইরাংগী কুমহৈদা ঐস্নু য়াওরগে
রারীবা কনাদু নোক্নগে অমুক
চৎনবী থংদে মুণ্ডাইবা হৈতে ॥

---

## "লানখুবদা ডাক্লসি"

লানখুবদা ডাক্লসি
কনাগী মরাল নত্তেকো
যাইফবা ওইয়ু পুন্সিগী
বিদায, বিদায, কাইনরসি ॥

অচুম্বদা পামজবা মীওইবনি
লাইবক্না তমলম্বনা লুবনা
অরানবা কয়া য়াওখ্রেদো
নোক্ন বিদায় পীনিংবনি
ঙমখিদ্রে চৎলোকো লানজদ্রবী ॥

লাপনবনা মুংশি পনথুংনি
থাজ থোকখিনি কাওখিরোই
লৈকোন লৈরী নিংশিংখিনি
মোমোন নোকউ হায়নিংবনি
বিদায়গী মতমদা ঙমখিদ্রেকো ॥

লানথ্রবদা ঙাক্লসি
কনাগী মরাল নত্তেকো
যাইফবা ওইযু পুন্সিগী
বিদায, বিদায, কাইনরসি ॥

---

## "হে প্রভু থৌজানগী মবুংঙো"

হে প্রভু থৌজানগী মবুংঙো
নিংথৈজনে নংবু তোল্লবী মুঙ্গানা,
ভক্তিদা লুপলবা তোল্লবী ঐনি
প্রেমগী থৌজানদি পীবীদে করিগী ॥

নংদি কলিদা নুংনা শাবনি
থমোই য়াওদনা মোমোন নোকপনি
থুত্তা পাইরীবা সনাগী বাঁশী
লাইরবী মুঙ্গাগী অৱা শৈশক্লবনি
তাবীনবা পুকচেল যাওদ্রবোই নংদি ॥

হে কলঙ্কিনী রাথোক চাওবী
থুত্তা যুগাইনা শাংলবা থম্বাল পাইদুনা
নংনা ওইগী থৌগল ওইরীদো
মুঙ্গা ওইবীনি খংলমগনি অৱাবা
তম্বীযুনে থমোই শোক্লবীনা নিংজরি ॥

---

## "মক্লবা থামোই ৱাহি"

মক্লবা থমোই ৱাহিনা
লংজরবা ৱাখল লৈরাংনা
শোগুরী নংবু কংচরী পূজা ॥

ভাইবংবু শেম্বীবা মপুগী
থুযাখাদা নিজবীবা নংগীনি
নংনি ঐগী ঈশ্বর
লংনদনা লৌবিযু পূজা ॥

মীওই পোকনি নংসু
থংলিনি কনানা ৱাজবী
ন্নুংশি থংবা ৱাহিনা
হাইবীযু নংদি লানদে ॥

থৌজাল ৱাহি অমদা
লেনজগে খনবা পুকচেননি
নিংজ মহি যানজগে
হাইবীযু নংদি লানদে ॥

———

## "পীনা মরোল লোল্লী"

পীনা মরোল লোল্লী
মিংয়েংনা অৱাবা ফোংদোক্লি ॥

ৱাকচিংগী উল্লেন নংলবা
উনা যাওত্রবা উপালনা
ৱাই কবম হাইগনি
হাইরোই ঐহু চিন্থালনদি
নংগীদমক ঐনা কপ্লি ॥

পীনা মরোল লোল্লী
মিংয়েংনা অৱাবা ফোংদোক্লি ॥

কায়না মশক খংলকত্রবা
বিদায ৱাহৈ ভাবকদ্রিবা
নৌর ৱাখল 'সিনদি
নিঙশিংখত্রে ভত্তনা হাইরী
পুক্লিংনা তোইনা কপ্লি ॥

পীনা মরোল লোল্লী
মিংয়েংনা অৱাবা ফোংদোক্লি ॥

---

## "ঙরাং ঐনা মঙখিবা"

ঙরাং ঐনা মঙখিবা
মঙলান অদো অসুম তৌখি ॥

লুরবা ইপাক অমদা
ইরোইদুনা শান্নরমই
লমহেনবা মা লাক্লমই
ঐগী ফীজোল লোংশনখি ,
থুংলোম্না হাইজক্লই ॥
মথা অমুক তাবদি
ব্রজগী মাইক মমবনা
কলঙ্কিনী শুমহৎখিবদুনি
নাপদা লোম্না হাইরমই ,
নংগী থমোইদা
চংজফম পীবিয়ু ॥

---

## "লৈরাং হুবা লমাহেনবা"

লৈরাং হুবা লমহেনবা
ঙসিদি ইখুং চল্লেদো ;
লৈ-তনা শেম্বা থৌরীনা
নংবু চেংনা পুল্লনি
নিঙোল দশি থংহনগে
পুন্সি বন্দি থমগেদো ॥

মরোলৈবা লৈরাং হূবা
লোম্না চেনগে থনগন্নু
পাঙ্গল শোনবী নিঙোল খুৎনা
থোংনা চেংনা পুল্লবনি
চেনবা অমুক ঙম্লরোই ॥
নোংমন্থু থমোই হুখিবা
তাঙ্গা অমা ফংবদা
ফাগে থম্না লুম্লকপা
ঙসিদি মুমিং শুরেদো
চেনগে থক যারবোই ॥

———

## "কৌরুনু খুম্লকলোই"

কৌরুন্নু খুম্লকলোই
হংলুন্নু তাবরোই ,
ইজংকি কিযু
নশাগী থনখো ॥
হেনখ্রবা পুম্বনা
মরূপনি কাওরনি
হৌখিবা মতমদা
বামীম্নরম্বা নিংশিংলোই ॥
চেনথখ্রবা ঈচেল
অমুক হঙ্গৎলোই
হৌখ্রবা বারী
কনানা নিংশিংলোই ॥

## "লাও 'নাক্তা ফম্নখো"

লাও 'নাক্তা ফম্নখো
বাগন্থ করিগী কপলি
ঐসে নংগী লেপলি ॥

অহিংসি কয়াদা ফজবা
থাজনা মোমোন নোকই
নংনা করিগী কপলি
নোকউ হাইফেং মোমোন
কপ্পা পকচদেনে মাইথোংদো ॥

মিনোক মীশা থাংলগে
বাবা 'পুম্বা কাওবগে
খন্দুনা লাক্লীবা ঐসে
নংগীদমক্তা তাইবংদা হীংলি
হাইযু করিগী কপলি ॥

---

## "নুঙাইবা তম্মগে"

নুঙাইবা তম্মগে,
অবাবা কাওগে,
লেম্মোকে পুন্সিসে
ইরাংদা তাওদুনা ॥

কলকলোই ফজবা
নিংজরনি ঐনা
ওইখিনি মীগী ,
সমাজবু চৈগে
তাযোন্নরে হাইগে ॥

ইশাগী ইরলনি
কানবা লৈত্রবা
অরেম্বা পুন্সি ,
নুংশিনবা ইনশিনগে
কাইনবা যেংগে ॥

———

## "শকয়েং নুংশেল শকতম্নসে"

শকযেং নুংশেল শকতমসে
কনা করি মম্নিনো
মোমোন নোক্লে ঐঙোন্দা
নৎত্রমাল্লে ঐগী মূর্ত্তি ॥

হৌখ্রবা বারী কয়া
থোকখ্রবা বাথোক কয়া
লেপ্পা লৈতনা উরক্লে
কাওগে খনবা য়াদরে
খল্লা খল্লা উরকলে ॥

মুংশিবা মাগা ঐগা
চীংয়া তময়া কোইরুবা
লবুক লমহাং য়েংলুবা
মুংশেল 'মুংদা থোরকলে
যেংলরোই থম্না যেংনিংলে ॥

---

### "থাজনা থোক্লগা"

থাজনা থোক্লগা
লৈৰাংনা শাংলগা
নিংশিংই ঐদি নংতবু ,
নোংইন্না পাইরগা
তাম্নানা থোংলগা
নিংশিংদবা নংদি ঐবু ।।
লৈচিন্না পাইরগা অতিযাদা
মালংনা থাবা তাম্বাদা
নংনা জগোই শারিবোই নিংলুই
ঙাওই ঐগী রাখলসে
থাজনা থম্বালদা লিবা রারীবু
ইপাও তম্নীবোই থম্না তারুই ।।
লৈরাং ওইবী নথোইসে
ইকায়বা কৌবদা মথংই

কাইনবগী পীরাংদো নোংমতম্ শিন্থদে
লৈনা খুদিং থোৎচবীনি
থমোই য়াওনা থোংপোই নিংলুই
তিংখংনা যোম্বা লৈথোক ওইরম্লে ॥

———

## "পুক্নিং রাখলসে ইচোয় চোয়রে"

পুক্নিং রাখলসে ইচোয় চোয়রে
মণ্ডলানগী রাখলদু চুম্লদমাল্লে
ঙসিগী নুমিৎসে ইরাং লাংই
মহাক কবি থোক্লিগবা চিংনৈ ॥

লৈচিন নোংফাই হাংলবা অতিযাসে
ইথং থংহৌদা নোংলৈ লাকই
ইরাও কনবা নোংজুনা চুরক্লি
চীংযাগী লম্বীদা লমদোম পোকতা
মহাক করি থোক্লিগবা চিংনৈ ॥

শমজিদা চিল্লম্বা শমজিরৈ নাচোম
থংহৌদনা তাখি লৈরাং খোংনেৎনৈ
করি খুদমনো করম্বা নোংদমনো
পুক্নিং অসে ঙাইহাক্তা থোক্খাদে
মহাক করি থোক্লিগবা চিংনৈ ॥

ঐসিবু মীপাই চাওবী কৌরদরা
শউম কাইরবা মালং খোংচত্তা
কাইনবগী পাওজেল পোরকপোই নিংলুই—
ইতোমতা কপচৈ পীবাংনা চোংলি
মহাক করি থোক্লিগবা চিংনৈ ॥

———

## "বসন্ত ঋতু লাকলে"

বসন্ত ঋতু ল্যাকলে
নৈরাং ফুগাইনা শাংলে
পুক্নিং ঐস্থু পেঞ্জরে
হবাও মীনোক তম্লে ॥

ঙরাংদা পোমহৌবা কযা
বালা, লাতা, মাধবী
হাইনা হুম্না শাংহৌরে
ওইজনিংলে ঐগী পুন্সিস্থ
নাইতোম নৈকোন রাণী
হাপ্পীরো বসন্ত নিংথৌওইব-ও ॥

চিংয়াগী নৈকোন অচিকপদা
নৈরাং কয়া মরক্তা
হাপহৌরে গুলাপ রাণী
উরিরৈ কেতুকী দগুস্থ
ওইহৌরে য়ুমগী মৌ
বসন্ত মপুং ফারে চান্নব-ও ॥

চরোং শাৎপী নাচোম লৈ
শমজিগী লৈনেং ওইরবদি
বয়াদা পুক্নিং পেনগবা
থমোই ঐনা খোইদাগবা
লৈবাং নাচোম অমা
থেৎপীরো বসন্ত নিংথৌ ওইব-ও ॥

---

## "নহাকপুনে লাইরবী ইমা"

নহাকপুনে লাইরবী ইমা
নশক নচু থোক্তবে
রানা লেল্লীদা নংশে ,
করম্বা শুমিত্তা নোকবা
নোকহঞ্জনিংইদা অমুক্তা
নংগী রারবা মাইথোংদো ॥

নোংমা নুমিৎ অমা
রানা চাবা তাল্লুবা
থাগৎচনিংইদা মৈতৈ চনু ,
হেদৌ নাহে চন্দুনা
তৌরাং ফক্তা য়াহিপলবস্থ
লুকমাই পানবা চৎলিদো
নহাক্তনি ইজাতিগী শুপী ॥

রানা নংনা যুম্বাল্লবস্তু
'সিমতং রাংলি শোন্দেদো
লেম্নজনিংইদা নৈতৈ ইমা
মচাবু মীখা থাহনদে
মমান-মমান্নবা মরক্তা
করম তিন্দগে খঙ্গ্জদো
শোঙ্জনিংইদা নংগী নগুণ ॥

---

## "মোমোন নোকপী হাইফেং নোকখো"

মোমোন নোকপী হাইফেং নোকখো
ইরাং শরা ঐবু শুমহংখো
মুংশি ডুকানগী পোংমাং থেল্লখো
অপাম্বা মমলদা শেন্দোং তাল্লখো ॥
অচৎ অওক শকথংদবা কনাগী
মক্লবা থমোইগী কলক মিংযেংদো
ইরাং কৈথেলগী মুংশি ডুকান্দা
মিংতাফম ওইহনখো মমল হুলহনখো ॥
শকওং হোংউ অনৌবা লৈতেংউ
পামজবা কনাগী শেলহুন তাখো
ডাক্তর, ইঞ্জীনিয়ার. বিঃ এঃ, এমঃ এঃ
অপাম্বা কনাগা মমল তিক্লখো ॥

---

## "গঙ্গাগী ঈচেন্দগী হেন্না শেংবা"

গঙ্গাগী ঈচেন্দগী হেন্না শেংবা ,
যমুনাগী লাইজদগী হেন্না লুবা ,
মহাসাগরগী ঈরৈদগীস্তু হেন্না ভাওবা ,
থকউ । থকউ ।
অমৃতনি, অমৃত নেশা ॥
ফজবী কনাগী
থোংলবী খুংশানা
হৈথহল্লু কংলবা চবগদা
চোংহল্লু খৌবাংলবা চিল
পোত্থহল্লু ৱারবা থমোই ॥
চংনবী কযাগী
অথিবা ফজবা
হাংহল্লু অনৌবা শকলোন
হাইযু সংসারসে অঙকপনি
অঙকপা ভাক্তনা থল্লী ॥

---

## "বেলবোত শেৎপীদো"

বেলবোত শেৎপীদো
হিল-শু তোংবীদো
মিৎচিনা হাইফেৎ য়েংগনবী

মোমোন মোমোন নোক্কনবীদো
খংলবীনি খংলবীনি ॥
নোংমা লাককে নোকহল্লু
কনা মানগে যেংউ
মখা থংগী শুনিতা
মানখ্রবনি হাইফেং নোবপদা
খংলবীনি খংলবীনি ॥
নোংমা ঐ তাক্কে
ইতৈমা হেক্তা কৌশিল্লু
তামোনা নুংশি হাইজল্লু
করি খুমগে যেংউ
ইকাযগদ্রা ইকাযগদ্রা ॥

---

### "য়াওশং কুমৈ লোইখরে"

যাওশং কুমহৈ লোইখরে
কাং লাকপা ঙাইবগে
চালি শাবা হৈবনি
মকোক চিংউ ইমশিনগে ॥
ইকায় থীবী মত্তৌনে
শুমহৎ হৈবী শক্তমনে
য়াওশং আবের মচুনা

নিঙোল মাক্নিথোং শংহৌদ্রে
নিঙমহৌদে কাং ঙাইগে ॥
মানা চালি শাবদা
খুৎথেক অমা থেকপদা
খুবাক হেন্না খুহৌদে
নোট-না মরেপ থুমহনগে
ভালোদদি মরাওহৌবগে ॥
যাওশং কুঁন লোইখরে
কাং শাকপা ঙাইবগে ॥

---

*"অহিং নত্তনা শাৎত্রবী"*

অহিং নত্তনা শাৎত্রবী
শেল নত্তনা মিতাত্রবী
প্রেম মশক খংত্রবী
করম্না নংবু খোইদাক্নই ॥
সা, রে, গ, ম, গী স্বরদা
অনৌবা পুন্সিগী পুংলোন্দা
নংনা থেক্নী শাথেক
তারা, য়াৎথি, চামগী
নংগী ঙাকনি তাইবংসে ॥
পৈশানা য়ুম্বানবা ইমুংদা
নংনা মৌ ওইদ্রুনা

ননিং তম্লি পুন্সি
সনা, লুপা, মণি
অরাং অপা লৈত্রে ॥

---

### "গম্লাগী লৈতেং লৈরাং"

গম্লাগী লৈতেং লৈরাং
ফজবা শঙ্গাইগী শিঙেল
গম্লা থক্তা শাংলুকো
লৈকা ফন্না নোকউকো ॥
লৈশক উরে নিংথীদো
লৈকা য়েংঙি ফজৈদো
চেগী গুলাপ ওইরম্বা
লৈনম্মা কৈদা থনম্বা ॥
লৈশক লৈচু পামজদে
হৌফম শাংফম খিজদে
লৈনম লৈহি পকত্রবা
শাংচবা গম্লাগী লৈরাংদো
পূজাগী লৈশিং চল্লরোই ॥

---

### "ইতা ঐগী কুন্দো পারেং

ইতা ঐগী কুন্দো পরেং
লুবাক মুংদা লৈমন চল্লে
কুমশিং কক্তা থাশিং নাইদা
পান্মু মাবু ঙাইজবা মহি
মিংল্লু পিরাং ইহৌনবা ওইরে ॥

ইখুংনা থাজবা কুন্দো লৈরাং
শরেপ ফারে লৈশাং তম্লে
লৈনা চোইনা লৈমন চন্দ্রিগী
ইখুংনা হেকতুনা পরেং লেংজরে
পান্মু ঙক্তা হুকচগে খঞ্জরীদৈ
ঙসি কুন্দো লৈমন চল্লে ॥

মুজানা রাবা উরগা পেনগে
নিঙোল পিরাং উরগা নোক্কে
পাখং পুক্লিং রাখলনা খল্লবা
ঐনা রাবগুম নংসু রাওকো
নুরা রাশক পরি চেংলবনি
কুন্দো লৈমন চনবগী শাপনি ॥



## "কনানো নংবু থরাই ওইবী"

—কনানো নংবু থরাই ওইবী
লোম্না চিক্না নদোম পোমলগী।
—কনানো নংবু থরাই ওইবা
লমদম কৈদগী পাংলকপা ॥
—নোংমা নংবু এনা উখি
মোমোন নোকপী থমোই হুবী
নাইতোম কনা খংদ পোম্লম্বী
শাৎলরো, শাৎলরো আশাগী লৈকোন্দা,
—শাৎচবা কিজযে নকাদা
—কনা খংদ অস্থুম কেল্লগেরা
—পোমখিগে ভহাকস্থ লৈখোক্তা পুন্সুম
শাৎখিবা তারবা মতমগী খোংহৌনা
ওইহল্লনি চৎনবীনা যুমগী মৌ
ভাইখোগবা, ভাইখোগবা থরাই ওইব-এ ॥
—থ্বাংজেংবা নপাও শেংনা তাক্লম্মু।
—অশেংবতা হায়গে,
—লৈরাং ওইবী পরিচয়স্থ তমগে।
—নপাওহুতা তানিংলম্বনি,
লোৎলোই লৈরাং নকাদা ইপাওশে।
তাখোকো, তাখোকো থুপত্রবা য়াবাশে ॥
—ওইদবা ভাক হায়বীগন্নুকো।

—লম্লানবনি খন্না থাজড্রিবরা
রাশক্কে নিঙোল পুক্লিংনা পেন্নবা।
—খংজরে, মুজা পুক্লিংনা 'যাজরে।
—ভাইবং লৈকোন মিনোক মিশারক্তা
হিংখিসি, হিংখিসি, লৈরাং খোইমু ওইনা॥

———

*"ঙসিসে কয়াদা ফজরীবা"*

ঙসিসে কযাদা ফজরীবা
থমোই হুনা মুমহৎলে,
লৈকাদা খোইমুনা ঙংলি,
নংনা 'নাক্তা লেপ্লি॥
থাজমু হান্নগুম্না থোকলি,
ঙসিগুম্নদি নিংথিদে,
থম্বালমু হান্নগুম শাৎলি।
অদুবু ঙসিগুম্নদি নোক্কে
ঐগী থমোইমু পেনজরী
নংনা 'নাক্তা লেপ্লি॥
লৈনম পুবা মালংবনা
লৈনম কোইনা যেল্লবী
লৈচিলনা চীংলোন লানখবী

পাওজেল অমা চেল্লীবনি
অহুবুরো ৱাহৈ 'সিমক্নি
নংন নাক্তা লেপ্লি ॥

---

### "হিক্লা হিক্লা কপ্পী"

হিবা হিরা কপ্পী
থমোই শোক্না তেংথাই,
ঐদি কুইনা ভুমলুবমাল্লে
নিংবা কাইরবা মীযামগী
খোল্লাওনা মাইক শিল্লনলে ॥
যুমদাংবনা কৈবিংলব্রে
কোক্তা খুৎ হাপতুনা
চাবা শেৎপা নিং থুংদ্রে
নখোই চৎলো তাল্লন্মী।
অতিথি সেবা খংবদা
লৈপাক মচা তাবদা
জাতি খুদিংনা শিংথানবা
ঙসিদি লৈরোন চনখরে
অকাওবনা ইতিহাস ওইববে ॥

---

### "সনাবুল পুবী পামদে"

সনাবুল পুবী পামদে
পুন পুবী পাম্মী
ইরাং যৌবী যেংনিংদে
কলকচৈ চমজরীবী ইচল ॥

মকে হেনবী ইচল
রাথোক লানথোক যাম্লম্মী
নম্বর থাবী ওইবম্মী
লৈকাই শেং কাইবম্মী ॥

ফিজেং ত্তাইনা তাংলবা
মাইথোংদা লৈতেং হাপলবা
থমোইস্তু মচু শংলম্মী
মচু মখল যাম্লম্মী ॥

ফজবা নত্তে ইচল
নংগী মতমগী লৈতেং
লেংথাবী চংনবী কৌবনা
মাংলেদো মৈতৈ চনু
ওল্লেদো জাতিগী কুচু ॥

---

### "ইমা নমৌ থিগে হায়নু"

ইমা নমৌ থিগে হাযনু
নচা ডাক্তর ওমহৌদে
ইঞ্জীনিযার বাবু ওইহৌদে
নমাই ঙাকউ যারকলোই ॥
চরু হোংঙি হোংঙি হায
বিঃ এঃ দি চরুদগী হেন্না হোংঙি
ক্ল'াকতি চহুমদা লিমিং লোই
নুপী অঙাং থাকপা ঙমলোই
ঐনা চৎপা মৈথু থোক্তে ॥
ইথৌ ডরবার মেম্বর ওইরম্মী
মাঙ্গোল ঙানবা চাওবগী মস্থনি
নমৌ থিবা থমকানা থাবোই
দুকান হিসাব বাকী তারী
তলব মমৈ চরা হেল্লী ॥

---

### "খুদোলজরে লৈজদনা"

খুদোলজরে লৈজদনা
বাহৈ থরসে থমোইগী,
লৌবিযুকো লৎনবীদনা
চানবী হৈবী নংনা ॥

বাহৈ বাতা হৈজদবী
ইকাই থিবী ওইরম্লবস্থ
হায়বীখু চিন্নান অত্নুতনা
থমোই পানবী নিঙোলনি
ঐস্থ নংবু স্নংশি ॥

লৈত-লৈত লাংজরবা
খোমজন তাশন শেমজরবা
থমোই বাহৈ কযাসে
লংনদনা লৌবীবগা
শেগাইবীবি কবিগী
মচেৎ থোক্লা ॥

———

*"করি করিগুম্বদস্থ"*

কবি করিগুম্বদস্থ
অসিগুম্বা অহিং ওইরকই।
অত্নুগুম্বা মতাংত্নুদা
বাহৈসিস্থ তারকই।
মঙালগী লৈতেংনা
অহিংগী ফজবা মাংহল্লে৷
করি করিগুম্বদস্থ
অসিগুম্বা অহিং ওইরকই ॥

লৈকোনগী লৈরাং কয়া
লৈনম লোৎপা ঙমদরী,
ফজবা লৈত্তং কয়ানা
ঐবু ইকায়বা পীবরী।
করি করিগুম্বদস্তু
অসিগুম্বা অহিং ঙইরকই॥

থাজ থোক্লক্লে
মঙালনা অম্ববু কাযহল্লে
থাবলনা যেক্লবা ওইহল্লে
ঐবু ইকায়বা নংহল্লে
করি করিগুম্বদস্তু
অসিগুম্বা অহিং ঙইরকই॥

---

## “পুন্সিগী মঙ মঙমিন্নসি”

পুন্সিগী মঙ মঙমিন্নসি
ঐখোই অনি লোইন্না
মুঙাই মুঙাইরবা মঙলান॥

লৈকোন ’মুঙগী লৈরাং
ফজ ফজরবা লৈরাং
খোইমু লমহেন নহাগী

ঙরং ঙরং শুরদনা
মঙলান অমা মঙমিন্নরে ॥
পুন্সিগী মঙ মঙমিন্নসি
ঐথোই অনি লোইন্না
মুঙাই মুঙাইরবা মঙলান ॥
মাই মাই মাই
হায়ফেং মাইথোং লৈথোকচ
অমনা অমদা চিরোন্নরী
মালং লিন্নী বাহৈদা
তৌবা ঙম্মী নোকনৈ ॥
পুন্সিগী মঙ মঙমিন্নসি
ঐথোই অনি লোইন্না
মুঙাই মুঙাইরবা মঙলান ॥
লাকলো লম্লান শকহেনবী
জোবন পুন্সি মমথরক্লে
মুঙাই মঙলান মঙখিশি
নঙগী ঐগী ব্বারীনা
পামজ মঙলান অমা ॥

---

## "নহা ওইরিঙৈ, পুন্সিনা নৌরিঙৈ"

নহা ওইরিঙৈ, পুন্সিনা নৌরিঙৈ
শোল্লু পুক্নিং, অচেৎপা থমোইনা
হরে গোবিন্দ, হরে গোপাল,
হরে ! হরে, রাধা রোমোম ॥
নিঙমহৌরোই পুক্নিং নিংবা থুংলোই
নুংশি নুঙোল কুন্দো হুকখ্রগা
যুমগী অরা মৈশা লাংলা
নিংবা থুংলোই নিঙমহৌরোই,
নৌরিঙৈ শোনশি শোলহৌশি ঐখোই
মাখোল হুবা ব্রজগী লমহেনবা ।
রাথোক চাওবী কলঙ্কিনী রাধা ॥
হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ ।
হরে রাধে, রাধে রাধে ।
শোল্লু পুক্নি পেনবা লৈরোই
মফম পুম্নদা লৈবনি থংঙু
লাপ্পা চৎলুমু, কোইনা থিরুমু
লৈরমগনি লেংদ্রবা নংগী থমোইদা,
পাপ্পা থল্লবা মীওই 'পোকনি
লংজরবা নংগীমু থুংলনি প্রায়শ্চিত্ত
শোলহৌ পুন্সিনা অযুক ওইরিঙৈ
হরে গোবিন্দ হরে মুরারী

জয় জয় শ্যাম।
জয় জয শ্যাম।
শোল্লু শোল্লু রাধে।
শোল্লু শোল্লু বাধে।
কৃষ্ণ, কৃষ্ণ, কৃষ্ণ॥

---

### "পূজা পূজা কৃষ্ণ পূজা"

পূজা পূজা কৃষ্ণ পূজা
শেংলবা মন্দিরদা ইবুংঙোগী দর্শন
নখোই কনা কনা চৎকনি॥
অহেনবা পামলুনু লৈজবা য়াওরকউ
অশেংবা থমোইগী চন্নবা ৱাহৈদস্থ
পেনথোকপা ঙম্বনি চংজো মঙোন্দা
ঙমজবা কৎপনি খরদনা পেনগনি॥
করিগী কপলি থোংজিন্দা লেপতুনা
লৈতে খেন্নবা অমাংবা অশেংবা
লাও লাও তোল্ল তারবা
হবি মন্দিরদা পূজা কৎলো॥
মরুপ পাইযু লৈরাং পরেংসে
নংতবু ঙাইরি জগৎকী মপুনা
হরিজন নংবু লাকপরা হায়না
কৎলো থমোই শেংনা পূজা॥

পূজা পূজা কৃষ্ণ পূজা
শেংলবা মন্দিরদা ইবুংঙোগী পূজা
নখোই কনা কনা যাওগনি ॥

---

### *"চান্নবী, ফজবী !"*

চান্নবী। ফজবী।
করি কৌসিবা নুংশিবী।

হায়দোক্লগে খল্লী
থমোই নুঙগী রাসে,
করম হায়না হায়শিবা
রাহৈশিংদো লানজদ্রবী ॥

নুংশি নুংশিবগী ঈচেল
নংতগী ওইবা আশা
খল্লী রাখলদা ঐগী
হাযরোইকো অদুবু চান্নবী ॥

লাল্লে লাল্লবনি ঐনা
লংজরবনি নংগী নফমদা
ঙাকপী হৈবা পুকচেলনা
ঙাকপীরোকো চমজরীবী ॥

---

## "তাইবংবু কাওহল্লী নেশা"

তাইবংবু কাওহল্লী নেশা
পংথহন্নী থরাই হকচাং
লুরবা মচুগী লাইজনা,
কনানা লোথি পাক্লগী রূপ
মীনয়ন্মী ম্নুংশি জগৎপু,
হৈথরকউ কংলবা চবমদা
চোংহল্লু থৌবাংসবা চিল।

পাক্ল নং যাওব্রবা জগত্তা
করম্না, হিংগনি নিংবা কায়রবা
থকলুরবরা দেবদাসকী পুন্সিনা,
লোথো ঐগী লৈজবা পুম্বা
থম্বীরম্মু থমোইগী ম্নুংশিবা অদুত
পেল্লগে নংগী দেবদা।
নংগী দেবদা॥

মাইথোংদা তারীবা খোইজগী মমি
ঐগী থমোইদম্নু লেংদনা তাম্নী
নংনা ম্নুংশিরম্বা শক্লক অদুমুক
ঐম্নু থাজনা ম্নুংশিরি নংবু।

( নত্তে, থাজকম থোকত্রবা ম্নুংশিববু মীনয়বা নিংবা কায়রবা দেবদাসকী পুন্সিনী )

থক্কে পুক্কিং পেন্না থক্কে
কনানো পাইন্নীবা মচুগী লাইজ
নুংশিবনা শংখ্রবা পুন্সি অসে
শংলো অমুক লিক্লীগী মচুনা
কাওহল্লো তাইবংগী অন্না-অনা
হে, চন্দ্রমুখী শাবী, চন্দ্রমুখী শাবী ॥

( কাওররোই, কাওবা নৈররোই, নেশানা নুংশিবা কাওবা ডমগদ্রা, নংগী লিক্লীগী কান্নদ্রবা ইরুনা ওইহল্লে দেবদাসকী পুন্সিবু হায়ফম থংদ্রবা লাইনানা নাৰবা অনাবা )

নিংবা কায়বা পুন্সিগী তোর্ব্বান্দা
পনথুং যেংদুনা লেপ্লি দেবদাস
শোঞ্জরী নিডমদ্রবা থমোই ঋাইনা
পারুগী নুংশি জগৎপু যেংদুনা,
য়াইফবা ওইযু ৰাজরবী ইচল
নংতগী নুঙাই-য়াইফ উবগা
পেঞ্জবা ডম্নবা দেবদাসকী পুন্সিনি
থকল্লুবা লাইবক্কী তম্নস্বা খুদোলদি
থকপা নত্তনা করি নৈরী
থক্লগে পুন্সিনা মমি শামদ্রিফাও ॥

———

# 'লোইবা নাইদ্রবা পুন্সিগী চৈখে অমা"
## Part II

### 'কনা লৈরী হায়ঙমদ্রাবাই"

কনা লৈতে উদেদা
মৈতৈ লৈবাক চাওবনি ,
মাপারী নোংশা ভাক্তনি ,
লাকচ হেনবা যাদবনি ;
কুমশিং থাশিং যাম্লক্লে
মনাও ইবুংঙো মেম্নাগী
কোলোই মিংলেন নিংশিংনবা
মেলৈ লৈরাং লাংখিদবা ॥

খুমন মচা লৈত্রবরা
য়েক-শলাই খুৎলিংবা
অঙোম পিবা পোকত্রবরা
লৈবাক তিন্না হৰাওবা
থাংজিং 'মাগী মকাদা
লৈরোই হঞ্জবা থিন্দোকে
কদাম্বগী পামেলদা শাৎহৌবা
খোঙ্গুলমেলৈ চরোং হেক্লখোবা ॥

রাশক চেৎপী থাদোইনা
কবোদা লোই কুম্বদা
ইথায় লাইরেম্বী মচিন্দা
মুংশি চাংয়েংদা থারম্বা
রাপল মযেং তাদ্রিদো
মজা ইবেম্মনা থোল্লম্বা
য়েরু চীং মিংওন্দ্রিদো
থাদোই লৈবী সাথীনি
মৌল্ল লৈরাং লাংলখোবা ॥

কলক খম্বন য়াম্বনা
যেরু মশিং হেনবনা
শাম্মা পাঙ্গল ফবসু
ঐ লৈরী হাযঙমত্রবোই
মৈল্লে লৈরাং হেকঙমত্রবোই
মোইরাং লোক্তাক কাওবনি
মৈল্লে লৈরাং মুৎলনি
কপপুগবা পাঙ্গনবা নখোই
কপশি হৌনদুনা ঐখোই ॥

---

### "ভাওগনু নংবু"

চিরবা ঈচেলনা
চেল্লী মুঙ্গাইরক্তা
অহৌবা খোম্বোক্তা
ঐদি তুরেল্লি হাঁযতুনা।
লাও খোঙলকই
চীংমুং গান্নুংদা
ত্রোং— ত্রোং—
হনবা লৈত্রবা খোল্লাওনা ॥
লম্বী চংপা
দৃশ্য য়েংবনা
শোল্লী নহাকপু
কযাদা নিংথীরবা খোঙনা।
করিগুম্বা উরবদি
কবি ওইবনা
থাবীনিদো মহাকসে
ফজবগী লৈতেং খোঙনি ॥
ইপাল লাংনা
চন্দ্রমুখীনা হৌরম্লবা
থেংথুরমগে শোল্লী
ইথক মচা কাতুনা।
নোক্লিদো লৈপাকলৈনদি

লৈকাদমক হাইদোকতুনা
নংগুম্বনা ঙমলোইদো
ঐনা ইয়াইতুদা শাৎলম্লবস্তু ॥

ঙাওগন্নুনে নংবু
নতিক নপা নত্তনা
চেন্নুনে অতুমক
ঐদি খোঙনি হায়তুনা।
চীংজুম পুবা
লাইজ অরুবতুনা
কোকহন্নুনে খৌরাঙবা
খৌগংলবা উপাল ৱাপালগী ॥

পেনবীনি নংবু
মখোই খুদিংনা
খৌজাল হৈবা
অৱা খংবা ঈচেম্নি।

উপালগী উশানা
ঈচেল নাথৈহল্লোইদো
কালেনগী ম্নুংশাদস্তু
লাইজ ঈচেল কংলোইদো ॥

---

## "কুইরুরোই শোইদ্রে"

অমম্বা অতিযা , অমম্বা অহিং
অমম্বা সহর , অমম্বা লৈবাক
অমম্বা ইতিহাসনা ঙাইরি নখোইবু ,
অমম্বা চীংমাইদগী অমম্বা ঈচেম্না
লাওনা খোঙনা থিংঙমদনা চেম্বরকপদা
ঈচেল থৈফম ইবিন লৈতবনা
অমম্বা জগৎকী অমম্বা ইপাক্তা
নখোইবু লুপহনগে খন্দনা ঙাইরিবা
মতম অদুগী অরাবা রাখোক্তো
অরাবা লৈমাই ; অরাবা সহর
রারবা হকচাং চাদ্রবা চাকথাও
মৈথু লেপত্রবা মতমগী ফেক্টরিনা
ঙাইরি নখোইবু খৌরাংনা নাহেত্নুনা ,
মতম ওইরে চীংনুঙ ফাওরকতুনা
লাক্লনি ট্রেন করেম্নবা মিনোক্কা
মতমগী পোং পুখ্রনি লোইনা
নখোইগী ঈনা রানা শাখ্রবা ॥

---

### "ইমাদি নুংঙাইরে"

থেক্কা থেক
নৌগা নৌ
জগোইত্থম শাদোক্কে ॥
ঐতনা ৱাগত্রা
চাক যাওদ্রবা
করম্বা চাকখাওনা
হিংবা ঙম্বগে ॥
য়েংগে যেংগে
কুমহৈত্থম যেংথোক্কে ।
নংনা নেকক্লেস শিযু
মানা তাইত্থম পুলহল্লু
নহাক্তি খোঙদা থিংন্দা
কারত্থম তোংত্থনা চংথোকউ ॥
ইন্সিনগে ইন্সিনদনত্থম শান্নগে
লৌরি ইংখোল লৈতনা
ইজ্জৎ—সনমান যাওদনা
মমান-মমান্নবা পুম্বনা
মমাই ঙাকপন্না য়েংবীগে ॥
নখোই পোকপদা ইমাদি
ইমায় পাকচরে নোকথোক্কে
খ্বাংচেৎ চেজেৎ শেৎলগা

শুমাং মযাই থোকতুনা
থেক্কা থেক , নৌগা নৌ
জগোইতুম শাদোক্কে ॥

———

## 'মৈতৈ ইমা নংগী—মৈতৈ মচা'

লমদম কৈদগী গুইধনো
চহি মতাং অদুগী
থুইববা উনশা অদুদা
পোমযি শেগাযবা শেংতুনা
কোঙযাং চৈশু পাইরগা
লবা থিবা চংলিবা
মৈতৈ ইমা মানখেদ্রদা ॥
অমুক্তা নোকউগবা ইমা
পলেম—মানবব। যেংজগে
ঐবু পোকপী অদুদি
নোকপা ওস্থোক্তা পকচথে
ইমা নংবু মাল্লিনে
কোলোই নপাও শেংঙবা
মৈতৈ ইমা মণি নত্তরা ??
মতম কুইনা থাদোক্লুবনা
ইমা মশক থংলুদ্রে

যুমদাংবনা কৈবিংখি
ৱানা নংনা যুম্বাল্লম্লবোই
মীগী শাইজিন শংযাদা
কপ্পা কপ্পা লেল্লবা
নংবু মৈতৈ পোকপীনিকো ।।
চাযাম পোকপগী হৌনবা
মানা মানা নিংবা তৌ
ধর্ম্ম মশিং যামত্তুনা
অমনা অমবু তুকৎচনরম্বা
ইমা নংনা পামজবগুম
চালুক অমত্তদা চানিল্লরে
মৈতৈ মচা পুম্না হিংমিল্লবে ॥

———

*"সনা লৈবাক"*

হকাম ৱা-ৱা চল্লী
হকচাং পুম্বা পংথ
চিন নাতোন খংদ
মৈথু ৱা-ৱা কা
শিজন্নবা য়াত্রবা
গাডী ইঞ্জিনগুম
লে—ওংতা তাৱী
লমহাং তুহাং খংদনা ॥

নিংশিংবদা কপ্লিদো
তাযোন্নরে খঞ্জহ্না
মতম অদো উহৌবা
সনা কোন্নুং পামজরম্বা
গোবিন্দ শেবা ফংজরম্বা
নিংথৌ ফম্নাযবা কযানা
শোল্লী চিবোন-চিবোন
সনা লৈবাক মাংলেদো ॥
তাংজবী উরিনা যেৎখেত্র
"কাইন'গী থৈবোং পাম্নীশিং
মশা মবেং খংদনা ,
মালং ইথিল ফংবদা
উজাও উনা লেংদবে
কৎথরক্কে নোংমা মোংমা
ওইজরে উশা কংশনবা
পামজরবা মশাগী হারনা ॥

———

## "প্রান প্রিয়ে প্রানেশ্বরী"

হে প্রিয়ে চানথোইববী
রাখলনা নচু ওললে
শুমহৎলে ঐগী থমোই
শুমহৎ হৈবী শক্তমনা।

করম্বা রুপনো শখী
শাথেক্তা লুপলে প্রীরং
প্রেমগী অভিনয় কৌববা
হায়যুগবা রাধা। বাধা।

চাম্নজবী নুংশি থোইবী
প্রানেশ্বরী, প্রান প্রিয়ে
কবিতা, গীতা, মধুবলা,
কনানো ঐগী লেপ্লিবী।

ঙাওহল্লে চিঠি অমনা
অবান অচুম রাইহনা
মমাং লৈকায় শৈরাভানুনা
অরাংথংগী হেমামাল্লীনি মানবীনা॥

ঐবু নুংশিরম্বা ঙাক্তবা
মানা নোকপদা ঙাওরীবা
সুনিতাগী রাশি মীপদো
হায়যুগবা প্রেমগী আঙ্গ॥

গঙ্গা যমুনা কাবেরী
ঈচেল ঈরৈ পুল্লবে
প্রেম পনথুং অসিদা
শক-চু পুস্বা ওল্লে
পুর্ণিমা ওইরে ঝুলন
দোলাই তোংলে রাধাশাবী
রূপনা ওল্লে মেনকা
স্বর্গগী। অমরপুরগী।।

---

## "প্রেম পনথুং"

বীনাগী তৎলবা তারগী সুরবু
তানিংবা অমদি তান থানিংবা
সংসার 'সিদা কনা লৈরিদগে;
তারবোই অমুক হন্না তাররোই
তৎখ্রবদা বীনাগী তারনা
তাজলিংলবা ঈশগী সুবদো ॥
থাজরি খোংলকখিগনি অমুক হন্না
তৎলবা বীনাগী তারবু শেমদুনা
অনৌবা আশাগী অনৌবা ঈশ,
যাওরক্কনি লোইনদুনা ঈশদা সুব
সুব বীনা পুন্দুনা লৈ
বীনাগী সুরনি। সুরগী বীনানি।।
কোরৌ মশেক মঙালনা শামখিদুনা
তাংলৌ থেংলবা অঙিংগী অচিকপদা
মালং খোংলোই ইপোমদা তাওদুনা
মিনা খোংলকই বীনাগী তারনা
সুব। সুর। নংতবু ঙাইরি
অনৌবা যৌবনগী ঈশগী ময়েক্তা
পামজবা থমোইগী সুব ওইনবা॥
তাবী খংবীদ্রবা অরোনবা সুরবু
ঙাইরমগনি থাজদে অমুক খোরাংনা

অচিকপন্দা ফমদুনা বীনা কৌবীনা
অবা নুংঙাই ঈশৈ শকচুনা ;
বাগনা শুমহৎলবা ককঙাওনববা স্বর
তিনশিনখে, বীনাগী খোন্থোকলক্তা ॥
তাইবং খোংচৎ য়েক্ল তিঙ্খংলক্তা
প্রেমগী অঙ্গ অমত্তা ওইদুনা
চৎমিন্নশি বাশক্লাখি স্বর বীনা ,
মতমগী ঈচেল ভোরৈ কুংইন্না
ভাওথমিন্নরকখি ঙসি হয়েং খংদ্রবা
রাকৈযে অমদা পুন্না ভোংদুনা ॥
পনথুংফম অমত্তনি, পল্লেফম অমত্তনি
থুংমিন্নগনি তাইবং খোংচৎ মুংশিদা
মতমনা চেনথদুনা পাক্লবা ইতিনফমদা
লেপ্পা লৈতনা শকনি ঈশৈ
প্রকৃতিগী ফজবগা লোইননা
তাইবং মপু মানা থুদোলবীরম্বগী
স্বর বীনা পুন্না লোইনদুনা ॥

———————

## "নংবু থিরী"

কপ্পা কপ্পা ৱানা
লেল্লকবা পুন্সিসে
কবি করম অমুক
ওইহনখিগদগে অৱাবা
প্রভু থৌজাল হৈবা
নংগী মিৎযেংগী থৌজালদো
ঙাইজরীনে পংলবা ননাইনা ॥
কাইনৱক্লে শাংলবা পুন্সিসে
মুঙাইবা কৌবা ইতিহাসতগী ,
লমশাং চৎপদা চোকথরবা
লাইরবগী কংলবা চরমশে
চোৎহল্লুনে মুংশি অমৃতনা
অৱাবা কযাবু তেংবাংবীবা
তোল্লবশিংগী মরুপকী মরুপ ।
তাদবা নত্তে পংলবনা
নংদি ঙাকপী হৈবনি
লোইনবা কয়াগী লোইনবনি,
কৌৱিবসে তারবা লাইবকথিবনা
তোল্লবনি থন্না পিবীযুকো চংজফম,
লাৎচগে নংগী মূর্ত্তি
কলিগী কলঙ্ক যুগতা ।

নোংমা বসন্তগী অহিংদা
তাখি শরিক খোঞ্জেল
গোবিন্দগী শেংলবা মন্দিরদগী ,
পাপ্তনা তারবা থমোইসে
হোংহনখি অনৌবা শকতম
ফংজগে খনবা কুইরবনি
নংগী চরন দর্শন ॥

———

## "নুংশি ঈশৈ"

তাবীবা যাওত্রবা
পুন্সিগী ঈশৈ
শক্লরোই খন্না
শকলুরী ঙসিসু ॥

করম্বা পুক্নিংগী
করম্বা ইথক্লা
পাববা অতিয়াগী
কুয়োম লান্দুনা
থাজ থবানগা
পুর্নিমা কযাগা
অর্থ হল্লুরীবা
নুংশি জগত্তা
কাওডমদনা ইরাক্লররীবা
'সিবু কৌববা
নুংশি নুডোল ?

তিংখংগী কুয়োম
কেতুকীগী লৈনম
থমোই কাচিনগী
লৈনা মরক্তা
লোন্না থুপখিবা

মুংশি বারী
শৈরেং ওইনা
শকমুরে ইশৈ
নং ভাখি
কাওবা য়ারোই
মুংশি ইশৈ ॥

———

লোইরবা।